# মনিপুর ইতিহাস ।

## অহানবা মতাং ।

## ( ১ )

### মনিপুর ।

মনিপুর হাইবা লৈপাক অসি, কাছাড় অমসুং অরা লৈপাকী, মরক্তা লৈবা, চিংনা ইকোই কোইসিনবা লৈপাক অমনি । মাসি তম্পাক্তগী চিংগী লমনা শরুক তরারোম গেল্লি । এরিয়া স্কোয়ার মাইল ৭৬০০ তনি । মাহুগী মন্নুংদা তম্পাকী এরিয়ানা স্কোঃ মাইল ৬৭০ । মীশিংদি;— ৩,৪৬,৩২৩ রোমনি । চহিগী খজনাদি লুপা ৬০০০০০৲ লথা তরুক য়োরক্রে অহুগা গবর্ণমেণ্টদা চহিদা লুপা ৫০০০০৲ পিরি ।

মহাভারত্তা ইরি;— চন্দ্রবংশগী অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহন কৌবা অমনা মনিপুরদা পাল্লমই । মহাভারতকী লাল শোকনখিবদি চহি ৩৫০৮ শুরে । মাসিদগী হৌনা মথংশিংনা ইথরকপা ৱারি ভারত্তদি লৈত্রে ।

## হান্না লৈরমবা মী (আদিম বাসী)।

মনিপুরদা হান্না লৈরম্বা মীদি খুরুখুল, লোইদাং, শ্রেকমাই, চকপাফয়েং অমসুং অন্দ্রো হাইবা অসিনচিংবা লোই ময়াম অসিনি। মখোইগী মীশিংদি লিশিং মরিরোমতনি। মরিং চোঠে অমসুং কবুইনচিংবা চিংদা লৈবা অমসুং তম্পাক্তা লৈরিবা হাওশিংগী মরক্তা হৌজিক সলাই খাইরিবা হাও পুন্নমকসু হান্না লৈরম্বা মী ওাকনি। থোংজাই (কুকি) অমসুং তাংখুলনচিংবগীদি সলাই লৈতে।

## মৈতৈ।

মৈতৈসি চুম্না শকমক্ত য়েংবদদি আর্য্যগী খুদম থংনবা শক্তগী থরা থৈনবগুম তোই, কুচু কুমেমচিংবদি আর্য্য মাল্লবসু মঙ্গোলিয়ান্নি নিংনৈ। তোইগুম্বসুং লীচৎ, লোল, ভোরকফমগী কাইদা য়েংলবদি আর্য্যগী প্রমান ফংই। চহি লিশিং অনিরোমদগী ফংবা ব্বারিদা মৈতৈ নিংথোগী শেকপিন মথোন মাপন থামবা, য়াৰ্ইকরোন শকপা পেন্না থোংবা অসিনচিংথসি চৎনরক্লি। মৈতৈসি মহৌশা ওইনা শা-লাল পামই। শিরগা সংস্কার তোই, বেদ মন্ত্রনা লাইশোল ওই। মৈতৈগী চৈথারোন কুম্বাবা হাইবা লাইরিক অমা লৈ।

মাতুদা আন্দাজ খৃষ্টীয় শতাব্দী মরিগী মতুংদগী পাল্লকপা নিংথৌশিংগী মখাগি মথংমথং লৈ অমসুং নিংথৌগা মরি থোকপা লৈপাকী থৌথোক পুন্নমকসু য়াম্না কুপ্না ইরি, মাসি য়াম্না লিরবনি হাইবসি, মাতু পারবা মীনা থাজনৈ। ময়েক্তি দেব নাগরি ময়েক্কগী মশক ওস্থোকপতনি।

য়াম্না কুইরে, মমাংঙৈদা আর্য্য কাংবু অমা মথোইগী লুচিংবা অমগা লোইননা মনিপুরদা লাকই। লুচিংবা অদুবু লোইনরকপা ময়ামনা গুরু কৌই। মাতু তমতুনা মনিপুরগী হান্না লৈরম্বা ময়ামনসু মহাকপু গুরু কৌই। হান্নগী মী-শিং অতুনা লাকলিবশিংবু মথোইগী লোনদা মমিং থোললি— অসিবা (দূত) কোঞ্জিন তিংথোকপা (আবিষ্কারক,) অশংবা (রক্ষক,) অতোংবা (নায়ক,) অরেকপা (লম্বকায়) অমসুং অরংবা (উজ্জ্বল,) অসিনচিংবা *। হান্না লৈরম্বা-শিংনা লাকলিবশিং অসিবু অতোপ্পা লমদগী লাকপনি হাইতুনা (মী+অতৈ) মৈতৈ কৌই।

* লাকপা কুইত্রিবা ব্রাহ্মণশিংগী মিংসু অমুমনা থোল্লি গণেশ লাৎপা বামোনবু সামুরাট্ট লাৎপা (গণপত্য) কৌরি। মচৌশা মথোইগী কৌনবকইবা মিং অদু চৎহনবা ঙমদে। মনিপুরদা লাকইবা বামোন পুমনমককী মিং অমুম্না থোনবা ঙাকনি।

মৈতৈ তরুক অসিগী য়চা মশুদা সলাই (শাখা) তরেৎ থোকনা থাইরে। মথোইগী লোনদি মীশিংয়াম্বা অনার্য্যশিংগী লোনদা তোংলগা সংস্কৃত খরা খরগা খেৎলি। লাইরিক লাইশু নচিংবস্থু ইরক্রে তোইগুম্বসুং মৈতৈ পুরানশিংগী মতম লেপ্লা ওম্নদে। খৃষ্টীয় শতাব্দী অহুম শুবদগীদি মতম খরা খরা লেপ্লা ওম্নক্রে। মমেদা মৈতৈনা মাগী মাগী কাংবু নাইনদুনা অনার্য্য পুন্নমকপুস্থু সলাই থাইরে। হৌজিকস্থু হাও নাইশিংগীময়ক্তা সলাই থাইবা উরি।

## খোংজাই (কুকি) অমসুং তাংখুল।

মনিপুরগী খা অমস্থং নোংপোক চিংদা খোংজাই ৪০১২৮ দগী হেন্না তারি। মথোই অসি লুসাই রোমদগী লাকপনি। কুকিনা শন্দোকখিবসি নাগাপাহাড়, খাসিয়া, জয়ন্তিয়া অমস্থং কাছাড়দস্থ য়োই।

মনিপুরগী মস্থুংদি চন্দবা, চিংথৈ প্লাংবা চিংদা সোমরা হাইবা হাও জাৎ অমা লৈ, তাংখুল হাইবসি মথোইদগী থাইথরকপনি, ইহান্দ্ধানবদা

মথোইসি শিরোহিকুরা হাইবা চিংদোন্দা পুল্লপ লৈরমই। তাংখুলগী মশিংদি লিশিংকুন হেল্লি।

---

## মনিপুরদা আর্য্যশিংনা চাওথৎলকপা

খৃষ্টাব্দ ৩৭৫ গী কালেন থাংজা অহানবা লুমিৎ চপয়ুংবদা মৈতৈগী নিংথৌ পাখংবা হাইবা অমনা কম্বাল তোংই। মহাক্না সেকপিন মথোন মাপন খাল্লি, কংলা হাইবা মফমদা সিংহাসন ওই। য়াকৈরোন শকপা চৈথাবা লিংথৎপনচিংবা তৌরমই। ঈ তোঙান তোঙানবা লাই পুম্নমকপু ফাদুনা নাক্তা পৌপল তৌহল্লি হাইবগী মহাককী কোন্নুং শাফমবু ইম্ফাল থোল্লি। মহাককী মচা মশুনা কুইনা পাল্লক্লবা তুংদা, খুমন অমসুং মোইরাং হাইবা মৈতৈ কাংবু অনি অমসু চাওথৎলকতুনা মৈতৈ মশেন-মক্তা য়াম্না-থিম্নদনা লৈপাক মরা তপলমদে। শতাব্দী ১৪ গী মনুংদদি পাখংবগী বংশনা চাও-থৎলকতুনা লৈপাক মরা তপলে, মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বগা পোং (শান) নিংথৌ চৌক কিকোম্বগা মরূপ শানৈ। মহাককী হাক্তকতা নাহারূপ অহল্লুপ পানা থাইবা হৌরকই।

বিষ্ণু নিংবা ব্রাহ্মণ থরা খৃঃ শতাব্দী ১৫গী মনুংদা লাকই। অদুগী মতুং খৃঃ শতাব্দী ১৮গী মনুংদা নিমান্দি ধর্ম্ম চৎপা কাংবু; রামান্দি চৎপা কাংবু ইকোন কোনবদা মাধবাচার্য্য পথাপ চৎপা হিন্দু, মনিপুরদা লাকই।

শান (পোং) লৈপাকসি, আলন্দ্রা কৌবা অরা নিংথৌ অমনা চাইথাইখি, শান লৈপাক্কী অহম কৌবা কাংবু অমদি চুকাফা কৌবা লুচিংবা অমগী মতুং ইল্লভুনা ১২২৪ খৃষ্টাব্দদা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তা তাখি, মখোইগী মিংদগী লৌহুনা লম অদুবু আসাম থোনখ্রে, আসামগী দিখৌতুরেন মপান্দা তাবা মী থরগা মৈতৈগা ই-পাও থংনরমই! মরম অদুগী আসামবু মৈতৈনা তেথাও কৌনৈ। অহমশিংগী লোনস্তু হান্না লৈরম্বশিংগী লোন্দা তোংখি। অসুন্না চহি চনিরোমগী মমাংতদা লাকখিবা মৈতৈগী ব্রাহ্মণশিংগী লোনস্থু হান্নগী লৈরম্বশিংগা চপ মান্নখ্রে। হিন্দুগী মশিংনা য়ামদ্রিঙৈ হান্না লৈরম্বশিংনা য়াম্নিঙৈদা মশিং য়াম্বা মীগী লোন্না মৈতৈলোন ওইখিবগনি। মমৈদদি হান্না

লৈরম্বদগী মী অম্পাম্বসু সনাতন ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌখ্রে, অমত্তা ওইখ্রে। মমৈদা অৱারোম-দগী মী থরম্মু মৈতৈদা তিনখি।

## মুসলমান।

খৃঃ শতাব্দী ১৭কী হৌরকপদা মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বগা কাছাড়গা লাল থেংনৈ মাতুদা বঙ্গদেশলোমদগী মুসলমান খুৎপু অমা কাছাড় নিংথৌগী মিচং ওইদুনা লাকই, মথোই অদু ফাদুনা মনিপুরদা খুন্দাহনখি। বঙ্গ দেশদা লৈবা মীবু বাঙ্গালী কৌই, অদুদগী লোতুনা মথোইবু পাঙল থোনখ্রে। মমাংদৈদা মথোই বাঙ্গালা লোন লোম্নমই হৌজিক্কি মাদু কাওখ্রদুনা মৈতৈলোল ওাক্তা লোনখ্রে।

---

## খুৎ-শা হৈবগী মরম।

খৃঃ শতাব্দী ১১গী মনুংদা মৈতৈনা শাথিবা ফীগী নমুনা হৌজিক মোইরাংদা উরি। মৈতৈনা বিলাতি লং অসি ফংদ্রিদৈদা লশিংগী অশেৎ লং হাইদুনা কুপ্পা নাইদুনা ফৈজোম ফজনা শারমই,

শান্তিনগী মহুত্তা পে নত্রপ্পা তেংনানা কুপ্তুনা য়েনপাক জাত অমা ফজনা শান্তুনা তুপলমই। কানগী চৎনবী মতুং ইন্না খুৎশু খুৎলাই শান্তুনা শা-লান্দা মমান্নবগা মায়োক য়াবা ওমলমই। মৈতৈনা লাইরিক লাইশু ইনবা চেস্থ শেমই। অসিনচিংবা।



# অনিশুবা মতাং।

## থাগেম্বা হাকতক।

মৈতৈনা কোয়েৎশু সনাই য়েৎপা, ফীজোল ফজবা চাং মথিবা অসিনচিংবা অসি খ্রীষ্টাব্দ ১৫৯৯দা পানবা পাখংবগী বংশদা পোকপা থাগেম্বা নিংথৌগী হাকতক্তগীনি; শগোল কাংজেগী পথাপ নিংথিবস্থ পুথোকখি, মহারাজ অসিনা পানবা মতমদা কাছাড়দগী থাং শাবা কোন-হৈবনচিংবা খুৎহৈবা ময়াম মনিপুরদা খুন তাহল্লি। অসিগী মথং নিংথৌশিংনা অনিদি থোইদোকপা কাননবা থবক তৌরমদে।

## চরাই রোংবা ।

খৃষ্টাব্দ ১৬৯৮ দা নিংথৌ অমিনা পাল্লগা মৈতৈ ময়েক্লা নুংদা লৈপাক্কী বায়েল থোথা পুমনমক ইদুনা প্রজাবু থংহললি। মহাক্কী মচা গরিবনিৱাজনা পানবা কান্দগী মনিপুরগী ফীকম অমুক পুমহোং হোংই।

## গরিবনিৱাজ ।

নিংথৌ অসিনা খৃষ্টাব্দ ১৭১০ দগী ১৭৫০ ফাওবা পাললি। নিংথৌরেল অসিগী স্না হান্ডক্তা আসাম লোমদগী শ্রীমদ্ভাগবত পুথোকলকই। শ্রীহট্টদগী শান্তদাস কৌবা গোসাই অমা লাকতুনা মনিপুরদা ধর্ম্মগ্রন্থ য়াম্না নৈনৈ। থাবম লাইফম হাইবা পানা পুথোকখি। মতম অদুদগী মৈতৈনা রামান্দি ধর্ম্মনা অথোইবা ওইনা চংনরমই। মহাক্কী মচা অমিনা মথং মথং নিংথৌগী খুবম শিঙ্লো-বদা করি থোইদোকপা কান্নবা থবক তৌরমদে।

# কার্ত্তা মহারাজ ।

জয়সিংহ, মুংনাংখোম্বা, চিংথংখোম্বা,
ভাগ্যচন্দ্র হাইবা অসি কার্ত্তাগী ম্নাম ওাক্নি ।

নিংথৌরেল গরিবনিবাজনা শ্যামশাই, জীৎশাই, ভরতশাই শত্রুঘ্নশাই আনন্দশাই ডৌৱ্রাম শাই অমসুং তোলেন শাই কৌবা মচা তরেৎ পোকলম্মি । ইহান ঌনবা শ্যাম শাই খুরাই রাকপনা মোইরাংখোমদা লৈবা কাল খৃঃ ১৭৩৯ শুবদা মঙ্গাকনা কার্ত্তা অসি পোকই । মমা ইবেম্মগী নামদি চখামবিং-লোইখোম্বি কৌই । জাতিগী চৎনবী মতুং ইম্মা খুৎসু খুৎলাই তমদুনা নহা ওইনা থাং তাদা য়াম্মা হৈ-শিংই । মহাককী পুন্সিগী অহানবা শরুক অসিদি পুরান ইতিহাসনচিংবা থিবদা লেনথি ।

শ্রীযুৎ অসিনা চহি ১৫ শুবা কান্দা মপাবুংদি মপুথৌগী থৌগন অৱারোমদা লেংখ্রে । অদুদগী জাতিগী য়েরুবশিংনা তান্দুনা কার্ত্তা অসি চিংদা লোৎলি ; মথক্তা চিংশাংগুম্বা হাইবা তা অমা পাইদুনা ভুসোম সোমথা য়োরুই, খোংজাই তোংহ নিংথৌগী চশাৎ

কোম্নুংস্থ য়োরমই। ইশিং কংলবা অচৌবা পাৎকুম চহি কয়ামুক লৈরুরগা মহাককা পোকমিন্নবা ময়াম্বুং মোরাম্বগা ৱা তাম্নরে। নিংথৌ জীৎশাইনা মনিং মথম তম্মনবা মরমদগী অঙম অথৌ ময়াম্না মহাকপু তানথোকখ্রে। অদুদগী প্রজানা কার্ত্তাবু থিরক্লবদা মহাকনা ১৭৫৪ খৃঃদা ময়াম্বুংবু নিংথৌ ওইহল্লে মহাকনা যুবরাজ ওইদুনা পাল্লে।

## মৈতৈগা অৱাগা লান্থীনবা অহানবা।

খরা লৈরগা মনিপুরগী ওমথৈদা অৱানা লান্দারৈ হাইবা পা ও অদু তাদুনা ১৭৫৯গী নবেম্বর থাদা যুবরাজনা শ. ইখোম থাবম লাকপা, আনন্দশাই সেনাপতি অমস্থং মোংজাম্বা নহারূপ লাকপগা লোইননা লাল লেংই। তুমুলমদা লাল-লম অনি থোকনা অৱা থেংনবা চংই। অদুদগী অৱানা তকথোক্লক্তুনা ককচিংদা মৈতৈনা তেঙ্গোল শারে। নিংথেমস্থ কুম্রে। ঙাকপা ওমদদুনা লৈশাংথোংদা যুবরাজনা

তেঙ্গোল শাই। মাহুদস্ন কাম্রেহুনা মৈতৈ কাইরে। হুমিৎ মাপন্নি শুনা অবানা মনিপুর লোখ্রে। কার্ত্তানা হাও খোমদুনা সিপাহী শেম্লে :মৈতৈগা হাওগা তিন্নদুনা অবা তানখাইথি।

## অবা লাল অনিশুবা।

১৭৬০ অসিদা নিংথৌ মোরাম্বা ফংখ্রে। ১৭৬০ এপ্রিলদা কার্ত্তা যুবরাজনা অথাম চন্দ্রবু মহারাণী হাপ্তুনা ফম্বাল তোংই। নিংথৌ ওইরগা শ্রীযুৎনা অবা লৈপাক্তা লেংই; সমজক কোন্নুং থুগাইদুনা শল ইরোই খোম্মকই অবাগী মবাও কৌবা লম লৌশিল্লি। অবনা মৈতৈ গুম্বগী শারম্বা ফুরা থুগাইরম্মি।

## অবা লাল অহুমশুবা।

নিংথৌগী সভাদা কম্বা থেলৈন্নুংনাং মোইরাং নিংথৌনা মহারাজদা পথাপ কাইনা লম নিরকপা পিথিদবা মরমদগী থেলৈন্নুংনাংনা

অৱাগা লৌতুনহুনা লান্দাৱক্লে। মহাক্তি চিৱোল তোতুনা ম্না-নাঙা লৈ। মহাকনা মৈতৈ তেঙ্গোল পুথৱগা অৱেম্বা থবক তৌতুনা মতম লেল্লি অৱাগী খুদোং চানবা শিল্লি। মহাককী থবক য়াংদবা অসি উতুনা ১৭৬৫ ডিসেম্বৱ থাদা হৱি চৱণ সেনাপতিনা তকশিনখ্রে। তুম্ব কৈথেন্দা অৱা থেংনৈ। খেলৈম্নুংনাংনা অৱাদা মৈতৈগী বা পাও থংহনবা মৱমনা মৈতৈগী খুজিল ইচা চাদ্রে পন্নিং হল্লক্লে। নিংথৌ কুমহুনা ককচিংদা চরুনা পন শাই। মাসিদা বাজি হৱিদাস, নাকনবা হাজাৱি, শ্রীসনসেম্বম মুকুন্দ, অমসুং পালকচান্দ কৌবা মৈতৈ অকনবা মৱি তুই। নিংথৌনা নখোইগী মমিং মুক্তনবা শিনবিথি। মমেদা মৈতৈ তেঙ্গোল কাইৱে ১৭৬৬তা মহাৱাজ কাছাড় ৱোমদা চেল্লে। কাছাড়দা মহাৱাণী নথাগা মজা ইবুঙো ভবানন্দগা ফংখৌই।

## মহাৱাজনা তেখাওদগী লাল হৌ কপা।

কাছাড়দগী মহাৱাজদি তেখাও য়ৌখ্রে।

তেখাওগী নিংথৌবু স্বর্গদেব কৌই। স্বর্গদেবনা শ্রীযুৎপু তেখাওগী লাকণ্ডম ফাণ্ডমদ্রবা সাম্‌ অমা লাকহললি। মহারাজগী গুণ উরদা স্বর্গদেবনা লুনা থমখ্রে। ১৭৬৮ ইংদা কার্ত্তানা তেখাও সৈন্য লিশিং মরিফু ৮০০০০ পুরকতুমা অব্রা থেংনবা থোরকই। শ্রীযুৎনা মীরেপ তুরেল য়োরকপদা খেলৈন্সুংনাং মোইরাং নিংথৌ অব্রাগা লোইননা চেনখ্রে হাইবা তাদুনা, শ্রীযুৎনা তেখাও সৈন্য থনমলে। সঙাইথেন্দা মৈতৈগী অঙম অথৌ ময়ামনা ওকলমদুনা লাল তৌদানা নিংথৌ খুবম হঞ্জিল্লে; ১৭৬৯ দা সঙাইপেন্দগী সঙাইপ্রৌদা কোন্নুং হোংই।

## খেলৈন্নুংনাং মোইরাংনিংথৌ।

খেলৈন্নুংনা অসি মহারাজগী মমাগা পোকমিন্নবা মামনি। লৈপাক পান্বা মরমদগী দয়া মায়া পুন্নমক থাদোকতুনা অবাগী মতেং লৌদুনা জাতিগী নিংথৌ মফম শিন্হ্লোই। মনিপুর অসি মানা চহি অহুম লোম্ব পানখি।

মহাকনা পানবা কান্দা মনাও চন্দ্রমনি কৌবা অমবু অরানবা থৈগত্তুনা হাৎলে। বাখল থেম্মা ক্যামগে কৌবা খুনগী মীবু তোর্ব্বুংদা হোংহল্লে, মাতুদা অনা অয়েক শিব-নাবনা খুন পানবা য়াদ্রে। মহাক্কী মনিং মথা তন্বা, রাজনীতি ফত্তবা মরমনা প্রজা পুন্নমক্না শাওরক্লে, মহাক্কী মী লৈরক্তে। মমৈদা মহাক অরাদা চেনখ্রে।

## অরা লাল মরি শুবা।

১৭৭০ দা খেলৈন্নুংনাংনা অরাগা লোইনতুনা লান্দারকই। তোইগুম্বমুং থারি লৌবুক্তা তানা থিন্দুনা খেলৈন্নুংনাং তুখ্রে। অরা কাইহুনা চেনখ্রে। মহাকপু হাৎখ্রিবা তা অসি খেলৈন্নুংনাংনা কার্ত্তাবু ওন্নবা যজ্ঞ লিংখৎতুনা শাখিবা তানি। মহাক্না য়ুমগী মাত্রাদা পূজা তৌহুনা থমই, মাসি শন্না খোংওম কৌবা মিকুব নাহুম শিংলবা; শ্রীযুৎকী মনাইনা হুত্নুনা কার্ত্তা মহারাজদা কৎখি।

## অৱা লাল মঙা শুবা।

১৭৭৩ ইংদা মহারাজনা চজিংদা কোন্নুং শাবা হৌই, পুখ্রি অচৌবা তৌবগী মী লাং-নরিঙৈদা শিনাইবা ঘনশ্যাম অমস্থং মোইরাংজাম্বা খোগিন্দ্র কৌবা অনিনা অৱা পুন্থনা লাল হৌরক্লে। মহারাজস্থু খুদোং চাহৌদ্রদুনা ১৭৭৪দা কাছাড়দা চেল্লে, মাদুদগী অমুক তহ্লো হৌরক্তুনা অৱা তানথাইখ্রে। লৈপাক মরা তপ্না পাল্লে।

## ৱাংখৈ ইচাও।

১৭৭৫দা মহারাজনা করিগুম্বা থবক অমগী মোইরাংদগী লুসাই ফাওদুনা তখেললম মিংয়েং তারুই। কাল অসিদা মনাই ৱাংখৈবু লৈপাক ঙাকহল্লমই। শ্রীযুৎনা লেংখ্রিঙৈদা লৈপাক অসি ইশিং য়াম্না চাওখি মাসিবু ৱাংখৈ ইচাও কৌনৈ। (ফৌ শংবাইদা সেন লিশিং কুন্থ্র। য়োই মাদুদি হৌজিকী লুপা ৬কা মান্নৈ সেন চামদা মশিং নিপাম্নি, মশিং অমবু মখাই কৌই, কাল অদুদা

হোংলম্বদি সেন মথাই মঙ্গনা গী অমগী চাবা চেং ফংলম্মি) ৱাংথৈনা লৈপাক্তা সেন-থুম য়েল্লি।

---

## শ্রীযুৎকী স্বর্গারোহন।

লৈপাক্কী অৱাবা পাও তাদুনা ১৭৭৬তা শ্রীযুৎ লেংখোক্লক্লে; (বিষ্ণুপুর) লমাংদোংদা কোনুং শাই। খরা লৈরগা "কাঞ্চিপুর" লাংথবান্দা হোংগৎলি। চন্দ্রনদী কৌবা খোং অমা কোন্নুংগী নোংপোক থংবা অকোইবদা তৌই। অস্তুন মতম কুইনা ৱারুরবা মতুংদা চহি ২৪দি লৈপাক নরা তপ্না পানলে অসিগী মনুংদা ইম্ফাল কোনুং অসি শেমদুনা মাসিদা কোন্নুং হোঙ্গৎখি। চহি ৪০ শুনা পাল্লক্লবা খৃঃ ১৭৯৯ দা নিংথৌগী মা পুক্লিংদা সংসারগী মায়া থাদোক্লে, ঈশ্বরগী তত্ত্ব থিদুনা তীর্থ কোইখ্রে। মজা ইবুঙো লাবন্য চন্দ্রদা নিংথৌ খুবম শিন্নরমলে। মনৈদা চহি ৬০ শুবা কান্দা নবদ্বীপকী মনুং শ্রীপাৎ ক্ষেত্রদা যাত্রা ওইখি।

---

## ধর্ম্ম ।

মহারাজ অসিগী মা হাক্তগী মনিপুরনা মাধবাচার্য্য বৈষ্ণবধর্ম্ম চৎখি, মৈতৈনা রাধাকৃষ্ণ উপাসক ওইখি অমসুং রাধাগোবিন্দগী মূর্ত্তি লিংখৎখি।

## রাজনীতি

শ্রীযুৎ অসিনা কাল অদুগী মৈতৈ নিংথৌশিংগী মরক্তগী অথোইবা ইতিহাস থংবা পণ্ডিত অমনি। মমাংগৈগী মীনা পুথোকলম্বা পথাপ পুন্নমক্তগী অক অফবা লিরি লৌথৎ, ফত্তবা পুন্নমক হোংদোকতুনা লৈপাকী কান্নবা মরিদা পুন্সি চুপ্পা থল্লম্মি। নিংথৌ ওইদুনসু মীচম অমগা পুকচেন তিংনা ৱারি শাই; অয়াম্বা মতমদা পণ্ডিতশিংগা নুংঙাইনদুনা লেল্লি, লৈপাকী কান্নগদবা লৈরপ্পা শা-লাল চঙপদসু য়ামনা পুকনিং চংই। প্রজা মীকোক থিবা চৌই। ধর্ম্ম তিন্নদবা প্রজা পুন্নমকপু চপমান্ননা চাল্লি, মতৌইনা দোষ চাওদ্রবদি অরুম্বা দণ্ড পিদে। ময়াম্মুং মোরাম্বগী নচা

নিপী কুরঙ্গ নয়নীবু তেথাও নিংথৌদা থাজ-দনা মরূপ শানৈ, তেথাও নিংথৌনা শামু তরুক খুদোল তৌরকই। অথেলনা শামু অমা পিরক্তনা মরুপ শান্নবা হৌই নিংথৌনা মতিক চাবা মর্য্যাদা উংথি। শেনগী কাঁমার নোংমৈ শাবা হৌদোকই; মৈতৈবু খুৎশা হৈহন্নবগী দমক য়াম্না হোৎনরম্মি। সমাজনা য়াদবা মী ময়াম লৈনবা হাওজোংপল হাইবা খুল অমা তোপ্না থমই। প্রজাদগী কনাগুম্বনা তন্দবা উরগা মতিক চাবা মনা পিনৈ। ভাগবতী ঠাকুর, কবো খুম্বোংবা, মনিরামসিং কোবা অসিনচিংবা পণ্ডিত মণ্ডানা পাঞ্জিগী খুংলাই চন্দ্রাব্দ কৌবা অমা লেংই। মথোইবু সনা লুপা অমসুং শামু অমগা দান তৌহুনা পুকনিং থৌগৎপি।

## কার্ত্তাবংশ।

(অবা লাল ৬ তরুক শুবা)

১৭৯৯——১৮২১

কার্ত্তা মহারাজগী মচা লাবন্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র, চৌরজিৎ, মারজীৎ, গম্ভিরসিংহ হাইবা মণ্ডা পোকলমই মচিন মনাও লিংজেন তিন্নদবা

মরমদগী লৈপাক পুবা ঙমলকত্রে খুৎপু অমগম লিংনরে। লায়ন্যচন্দ্রনা পানবা চহি অহুম শুরপা, শ্রীযুৎনা কাংজৈবুংদা লেংথোকপা কান্দা মনাওশিংগী মনাইনা তানা থল্লে, খুৎপু অসিদদি য়াওদবা যুবরাজ মধুচন্দ্রনা ইলাই লাইনা শরোন্দগী লাকতুনা নিংথৌ খুবম মুনখ্রে। মধুচন্দ্রনা মচিন মনাও থোন্দবা মরমদগী চহি অনি লৈরগা চৌরজীৎ মারজীৎ অনি তাম্নহুনা ময়াম্বুং তাম্থোকখ্রে, চৌরজীৎনা নিংথৌ ওইরে। চহি মঙা শুরক্রবদা চৌরজীৎ না ঙাংনখিবা ৱা শোইবা, মতো মতা নুঙাই-নিংবা মরমদগী মনাও মারজীৎনা শাওহুনা লাল হৌরকই। ঙমদ্রেহুনা কাছাড়দা চেনখ্রে মতুংদা অৱাগী ইয়েং যুবরাজদা চংজরে। ১৮১৪ খৃষ্টাব্দদা অৱা তেঙ্গোল পুরকতুনা মনিপুর থুগাইরে মারজীৎনা নিংথৌ ওইরে। মাসিবু অৱালাল তরুক শুবা কৌই। মারজীৎ না চহি তরেৎ পাল্লি, কার্ত্তা মহারাজনা পোল্লম্বা মচা মরি অসিনা চহি ২২ পানবা অসিদা ভুক তৌবদি ইশৈ নোংমাইগী মরমদা (খুমেল) হাইবা পুং ময়ৈ অসি হৌদোকখি, মফম

অয়াম্বদা সঙ্কীর্ত্তন শন্দোকই। মারজীংনা কোনুং ফজনবা থরা হোৎনরম্মি তৌইগুম্বম্সুং লৈথোং চেত্তানা ফুড়া হৌবগুম থোকখ্রে।

## অৱালাল তরেৎ শুবা।

মারজীংনা অৱাগা ওাংনরকপা ৱা শোইবা মরূপ থংদবা অমসুং মশাগী কান্নবতা য়েংবা মরমদগী অৱাশিংনা হিংচা য়াইতম্বগী মশক লৌখ্রে। ১৮২১ খৃষ্টাব্দদা অৱানা মনিপুরগী লুপা নহা অগ্াং কাওবা হাত্তুনা লুংশিহৈতবা খুদম উৎখি মানিবু ইতিহাসদা অৱালাল ৭শুবা কৌনৈ। মনিপুর অসি চহি ৭ অৱানা লৌই নখোইনা লুইদ্রোম যদুসিং, জয়সিং, রাঘবসিং অমসুং ভদ্রসিং হাইবা নিংথৌমচাবু অৱানা মথং মথং নিংথৌ ওইহনখি।

## অহুম শুবা মতাং।

লৈপাক লাকপগী মরিদা মণিপুরগা বৃটিশগা মরি লৈনরকপা, মনিপুরী সিপাহি লিংখৎপ।

ইংরেজ্‌গা মনিপুরগা হৌজিক লৈনরিবা মরি অসিদি আভাসন্ধি অহানবদগীনি। অৱা লান .অসিদা মৈতৈ নিংথৌমচা কাছাড়দা চেল্লি। খৃঃ ১৮২৩দা ইংরেজ্‌গা গম্ভীরসিংহগা ই-পাও থংনরে, সরকারনা তলব পিদ্রুনা মাবু মৈতৈ সিপাহি চা মঙাগী মকোক ওইহল্লে। অমসুং মাগা ইংরেজ্‌গা তিমজনা কাছাড়দগী অৱা তানথাই। খৃঃ ১৮২৫ দা সিপাহী ২০০০ শুগংলক্লে, ক্যাপটেন গ্রান্টগী মথাদা থম্লে; মাসিবু মৈতৈ তেঙ্গোল হাইনা মমিং থোলই।

সরকারনা মথোইগী তলব, পোযাক, খুংসু খুলাই হিদাকনচিংথা পি। খৃঃ ১৮২৬ আভা সন্ধিদা ইংরেজগা লাইরিক লাইসু করি অমত্তা চংনদানা গম্ভীরসিংবু মনিপুরগী নিংথৌনি হাইনা থংনরে।

মতুং অসিদি সরকারনা মনিপুর সিপাহীগী তলব পিবা তোক্লে। অতুগা চিংদা লৈবা হাঁও লাক্লবগী দমক নোংমৈ হিদাক পিরি। মৈতৈ নিংথৌগী সিপাহীগী দমক নোংমৈ ৩০০০ অমসুং পোযাক পি।

মাসিগী মরম অসি ১৮৩৩ ইং ২৫ মার্চ্চদা লোর্ড উইলিয়ম বেণ্টিকনা ইরকই ।

" মনিপুর অমসুং আসাম লোমদগী কাণ্ড- রকপা অৱা তেঙ্গোল অমিনা কাছাড় অমসুং শ্রীহট্টগী চিংথে পাংবদা নৈবা লমদা লাল তারক্লনা চাইথাইরে । অসিগুম্বা লানতাৱবা অসি কোকনবগী দমক মনিপুর অসিবু ষ্টেট ওইনা থমলবদি ঐথোইগী য়াম্না খুদোং চাগনি; মরমদি মৈতৈগা অৱাগা অসি থাঙ্গেংলেংনা লালথিনে । মনিপুর অসি অম্বানা লান্দারবদা ঢাকপা ওনদ্রে, মৈতৈগী মীশিংদি নথা অহুম- দগী হেল্লি । মাদি চিংবা কোই লগোনবা জুগোং চাদে অমসুং মৈতৈসি নিংথিনা লৌ উবা হৈতে ।

মথক্তা হাইখ্রবা সিপাহীশিং অসি য়াম্না থকসি খাসি নাইদে অমসুং মথোইবু তাকপি তিকপিনবা হাপ্না নকোক ওইবা অক্লনা হাই- বস্থ ইনদে হাইবা য়াই । মথোই অসি খুৎলাই পাইরবদি নশিং মান্নবা অৱাগা নপা চাগনি হাইনদি ঐথোইনা নিংলবস্থ মথোইগী থকসি-খাসি নাইদবা মরম অসিদগী অকনবা

খুৎপু অমগা মখোইনা থেংনবদা অফবা থোকনি হাইবা অনি ঐখোইনা পুমথা থাজবা য়াদে। মরম অসিনা মনিপুরগা ঐখোইগা মরি লৈগে হাইরবদি ঐখোইনা ঐখোইগী সিপাহী খুৎপু অমা থম্বনা ফগনি; অদুগা মৈতৈশিংস্থ মাসি চাননা থন্নবদি মরা তপ্পা ইংনা লৈবা ঙমগনি"।

## ১৮৩৩ ইংদা ব্রিটিশ গবর্ণমেণ্টগা মনিপুর নিংথৌগা লেপ্পখিবা।

১৮৩৩ইংদা মনিপুরগী লম নোংচুপ লোমদা জিরি তুরেন অমস্থং বরাকী নোংচুপ থংবা লম ফাওবতা মওইখ্রে।

১। মনিপুরগী নিংথৌনা চন্দ্রপুরদা থানা ফম্বা তোঙ্লুনা জিরিদা হোংজিনগনি।

২। সরকারগা মৈতৈগা লল্লোল ইতিক থিংনরোইদবনি অমস্থং লল্লোলবদা মীশক পান্দনা মনিং তম্বা য়াগনি। ট্যাক্স অরুম্বস্থ লৌনরোই।

৩। কালানাগা অমস্থং মুংজাইবান্দা তারিবা হাওশিংনা মখোইগী চিংদা থোকপা পোৎ

কাছাড় জিলাক্তা, বাসকান্দি অমসুং উত্তরবন কৈখেন্দা য়োনবা থিংলোইদবনি।

৪। তোংজে মরিনগী লম্বি শেম্বা অসি বৃটিশ গৰ্ণমেন্টনা মনিপুরগা শেমমিন্নগনি; মতুং শেম্লসি মনিপুর নিংথৌনা তৌগদবনি।

৫। মনিপুর লৈপাক্কী চাওথখনবা শেম্বা লম্বি অসি মৈতৈ নিংথৌনা হাওবু শেম্মনগদবনি

৬। অৱাগী লান্দা বৃটিশ গবর্ণমেন্টগী সিপাহীনা মনিপুর ঙাকনবগী ওইরবসুং অদু নত্রগা নিংথি তানা চৎপদা হাওবু বেগার ওইহনগদবনি।

৭। বৃটিশ গবর্ণমেন্টগী নোংপোক ওমথৈদা করিগুম্বা অমা থোক্লবদা মনিপুর নিংথৌনা মাগী সিপাহীনা লান পাংগদবনি।

৮। বৃটিশ গৰ্ণমেন্টনা মনিপুরদা নোংমৈ হৈদাকনচিংবা পিরিবা অসিগী দারিদি মনিপুর নিংথৌনা ওইজগনি অমসুং থা খুদিংগী নোংমৈ হিদাক অম্রপ চৎখ্রে হাইবসি বৃটিশ কৰ্মচারী অনদা হিসাব পিগদবনি।

## ১৮৩৪ ইংদা ব্রটিশ গবর্ণমেণ্টগা মনিপুর নিংথৌগা লেপ্নখিবা।

৮/ ॥ কবো অসি মনিপুরদগী ব্রহ্মদেশদা তিনশিনখিবা অসিগী দমক গবর্ণমেণ্টনা মনিপুর নিংথৌদা চহি খুদিংগী লুপা ৬০০০৲ পিগনি।

মনিপুর ইতিহাস অহানবা

লোইরবা।

——⁂ () ⁂——